# অপোম্বা লৈরাং

( শৈরেং নাচোম )



শ্রীখোকচোম মোহোন সিংহ

# অপোম্বা লেরাং



ঐবা

শ্রীখোকচোম মোহোন সিংহ

হৈরোক পার্ট (ii) বজার

কোংজবী :— শ্রীমতি থোকচোম তপ্যামনি দেবী

হৈরোক পার্ট (ii) বজার

অহানবা [illegible]




কপি [illegible]:— ১০০০

মমল লুপা ৭/-

নম্কমঃ— ৱাইবী প্রিন্টিং ৱার্কস; ৱাংজিং বজার।

# অইথগী "খোর্জেঙ্গী মরমদা

শ্রীমোহোন সিংহগী শৈরেং নাচোম "অপোম্বা লৈরাং" থুংঙ্ই ওইথিংঙেদা মপুং ফানা পারে। শ্রী সিংহগী পোকপদগী য়াওজং রকপা অনিংবগী উইল মৈতৈ সাহিত্যগী লৈকোন্দা মচাক থিজিন্না হুমজিনজবা, নৌনা খোংদাজরকপা অশেংবা অসিগী রাখল-লৈরাংবু তাইবং লৈকোন্দা শাংচনা ওম্ববা ঈশ্বরনা তেংবাংবীসনু। কনা থংবাদনা নারক্লা তাত্তনা পংতুনা মাংলগদবা নাচোম কন্নানাগী লৈচনবু লাইরবা মৈতৈ সাহিত্যগী লৈরা পরে লক্লা" লৈচল অমা ওইহনবদা মতিক চারগনা খনজে।

শ্রী সিংহগী খোইদোক হেন্দোকপা মগুন লৈজদে অতুব মহাক্কী খোর্জেঙ্গী থেংনরকপা শৈরেং খব ফাওবদি সাহিত্যগী পুক্ষেলা নৌনা লৈরাংগী নাচোম লৈচন অমা ওইবগনি হায়বদা হায়মনবা খোল্লোই"।

মীওইবগী পুন্সিগী মরমদা হোংপু তোংনরবদি ওমদবা লৈতে। তাইবং মীওইপোক্লা অশেংবা মম। লৈবাকপু নুংশিজবগী খুদম পুয়মক শৈরেং লাইরিক মচাসি পারগা শৈরেং কয়া ইরক্লনা মৈতৈ সাহিত্য লৈকোন্দা থুদোল কয়া তম্বীরকপা ওমজবদা ঈশ্বরনা মহাকপুস্ত চানবীসনু।

শ্রীমোইরাংথেম তোম্বী সিংহ
( এম: এ: ইকনোমিক্স )

# ৱাহৈ থৱদং

মনিপুর সাহিত্যগী লৈকোন্দা ঐগী "অপোম্বা লৈরাং" শৈরেং ২৭না লৈচল ওইবা নাচোম অসিমতং কৎচরি। হৈ হায়রবগী ইজ্জরবা নত্তে, লোইবা নাইবা মীওইবগী মপোকতা তমজনিংবা খুদোল অসিমতং তমঙমদনা লোইখিগদ্রা থনজরুবদগী ইজখিবনি। মনিপুর সাহিত্যবু মুংশিবীবা ওঝা গুরু খিবীক্সা থৌজালগী ইবিক থৱদং খিকপীতুনা ঐগী অপোম্বা লৈরাং অসিবু শাংকাইহনবীরবদি হোৎনজবগী মহৈ ফংজবে হায়না লৌজগনি। লাইরিক অসিগী শৈরেং খুদিংমক বনাদগু অপাম্বনা চৈহেং পিজবা অমতা য়াওজদে। হায়হল-পলহম্নিংদবা ৱাহৈ কয়া য়াওরবসু শৈরেংগী নাতৈ নাচোম শেম্নকপদা পনখিবা ৱাহৈ ৱাতা কয়াবু নাইন্নু থগীদনা অশোইবা খুদিংমক চুমথোকপিরকপদা তরাম্না ওকচগনি।

নিংশিংজবা অমনা ঐগী শৈরেং শিং অসি ইদনা তোকখ্রগদবনি অদুবু শ্রীখুন্দোংবম জুগোল ফাইবুং হায়স্কুলগী হেড মাষ্টর)গা কন্নি-ন্নবদা শৈরেংশিং অসি পারগা Very Nice হায়না থাবীরমই। মতুদগী ঐগী ইনিংবগী ৱাখল অসি হেনগৎলকখি। থাগৎপা হায়বসিনা মীওইবগী থবক তৌবদা থৌনা হাপ্পী হায়বশি শ্রী জুগোলগা ফন্নিন্নবদগী ফংখি থাগৎপীরকপশিংগী মন্নুংদা শ্রীশাই-খোম তোম্বী সিং Social Worker অমদি শ্রীথোকচোম মনিহার সিং Asst Teacher হৈরোক হায় স্কুল কাওবা য়াররোইদবশিংনি অদুগা শ্রী এম: তোম্বা সিংহ এম. এ: ইকনোমিক্স অমদি শ্রী এম: সনাতোম্বী সিংহ হৈরোক হায়স্কুল হেড মাষ্টরনচিংবনা পীবীখিবা থৌনাগীদমক মতম পুম্বদা কাওজরোই।

অইবা

# য়াওকম্ তাকপা

# ইরোম্নুংগী থম্মাল

মালংগী মথাদা ঈশিং
ঈশিংগী মথাদা লৈবাক
লৈবাক অতুগীস্মূ মনুংদগী
তায়ৰঙদা লৈকা ফম্না শাংলরিবী
ঈরোননুংগী থম্মাল।

থম্মাল নঙনা শাংনবা হোংনবদা
কয়া 'ম্না ৱাবগে থম্মাল
নঙগী 'ৱাৰৰু কনানগু উবিদে
অতুক বানা থোকলরবা থম্মাল
কুইনা শাংচবা ফঙজদে
ঙাইতুনা লৈরম্লে খোইমু
লৈনম হুবা মলয়া
মাইকৈ খঙদে হুম্নকপগী

লৈরাংনা ঝুগাইনা শাংপদা
কম্লকথ্রবোইদো কম্লকপনা
ঙাংলৈনা ঙৌরুপ্না পুমথুম
ইয়ায়গী মগুন হাপলিবী
কম্লকপনা থনথ্রে থম্মাল

'তুবু থম্বাল অৱাবস্থ উদে
সুংঙাইতবস্থ কনা খংহন্দ
নোকমী নোকমী মোমোন
মোমোন তৌহুনতা লৈ............ ॥

" খঙলে খঙলে থম্বাল
তাইৰঙ অসি কল্পকপনা থনখ্রে
ফজবা উবা য়াদে
সুংঙাইবা খঙবা য়াদে "
মিহৌৰনা থনখ্রে থম্বাল ॥

# কনাগী খোঙ্জেলনো

জগৎতা লৈত্রবনী ঐঙোন্দগী হেন্না তোল্লবা
পঙবদস্মু মপা লৈত্রবা
হন্না য়েংবদা কনা লৈত্রবা
খন্থরুরবদি নুংশিরকই পুক্নিংসে
তত্তনা থোরিব ঐঙোন্দ
কনাগী খোঙ্জেল্নো ?
লেপ্পা লৈতে খোঙ্জেল্লা
মিৎকুপ পুংজা নাইদে
ঙংলরি তত্তনা খোঙ্জেল্লো
নঙগী নত্তে নঙগীনি খল্লিবা ।
কদায়নো নঙগী হায়ববু
কার য়াওরি নঙগী
অমত্ত' নাত্তে নঙগী
লৈতে নঙগী অমত্তা ।
পুখিনী অমমমত্ত ওইনা
মতম্না হৌখিবগা লোয়ননা
ডবরা য়েংউ মাংদা লৈরিবা
য়েংউ নতুংদস্মু হন্দুনা ।

মম্বা কুম্ভ্রা পালম্বা
মমিৎ অনি পাংলম্বা
অমত্ত নত্তে নওঙী
পুখিনী নোংমদি লোয়না
রাইরুবনী মতম খরাগী
শিজিন্নম্বা লৈতবগী
নিংথিবা শিজিন্নবো
লুনা তৌ ........ ...... ॥
থৌওইদ্রবদি পুখিনী
হাইনবা মতম য়োদ্রিদৈ
কনাদা হায়রুনী
মপুনা পুখিবদা।
কনাগী খোঞ্জেলনো
তত্তনা তংলরিব।— ॥

# হেকলুশি লৈ

লৈরাং শাংনবা লেম্বদা
লৈরাং লৈলাং তম্বখি,
লৈনবা লৈশ্বা মফমদা
লৈবা হায়বসি হৌনশানি ।

লৈতুনা লৈরম্বা কদাইনো
লৈনবা শেমতুনা লৈহনবনী ।
লৈনবা শেমশি ঐখোয়না
লৈনিংবা মাগী লৈকমদো ।

লৈনিংই হায়নদ মঙাইরে
লৈনবা শেমগ্রবা মাগী
লৈরিবা মখোয়না থংওইদ
লৈবা ডম্বরোই খন্দৌরে ।

লৈরিঙৈ মাগী মমিনা
লৈয়ু য়ারিঙৈ মরক্ক
লৈয়াং হেকলুশি কংলুসি
লৈহননিংবা মাগী চরন্দা ।

লৈতে হায়বদি থংদে
লৈরমলোইদোবা ঙাইন খন্দুনা
লৈতে খন্দুনা লৈথোকপা
লৈতে মহুদগী হেন্না শানবা
লৈরিদা সমদমসিদ লৈরিদা
লৈতনা লৈ হাইরোইদা
লৈবগী লৈ হায়বনী
লৈরি লাও হেকলুসি।
লৈকোন্দ লৈরাং শাংতবরা
লৈকোন্দা লৈরাং ফংলোইদরা
লৈন লৈন তনবদগী
লৈতে হায়না খনবনী।
লৈরিবনি পৃথিবীদা থোইহুনা
লৈরিবা ঐগী লৈবাক্না।
লৈবরা মঙোন্দগী হেনবা
লৈরবদি অমুক্ত তাকপীরুবা।
লৈরকলবনী মতম কয়াদগী
লৈরকলবনী ইপু ইবেন
লৈখিগদোরিবনী ঐ ঐখোয়
লৈখিগদোরিবনী ইচা ইচু।
লৈগদোরিবনী মকম অসিগী
লৈথোকপা ঙমক্লে তুমিন্না

লৈথোক্লগংগু তম্নূনা হুমিম্মা
    লৈহৌরগদবা মাগী মকমদা।
লৈকোনগী অশোঙ্কবা লৈরাংগুম
    লৈবাক লৈবাক্কী অথোইবনি
লৈহৌরগনী থোক্তুনা অহুম
    লৈহননিংবা মশিংনা য়াম্নবদি।
লৈনন' তোংনক্লবদা নং ঐ
    লৈরমখিল্লা মাগী হোংনবীনবা.
লৈরে কাউগনু লৈবাক মচাশা
    "তেকনুশি লৈ" মচোন্দ কংনবা।

## 'মৈচাক'

চক্লা শিবা লৈগী পরেং
তগং তগং তেকলি
শর্মজি ওাম্মা নাচোমস্থ
লৈগী লৈপোপ কাইদরি।

শাংগু নমদা থোংলিবা
চরৈ কিস্থ কায়দে
শম্মাং তুবুম অমক্তা
তাঙ্গোই মশক উদে।

কৈরোই লৈকাই মৈরাইদে
খাম্বী মৈশক মৈউদে
চাকপা লেপতে খাম্বিদি
মৈচাক কৌই মৈচাকসে ।
নোংমদোন লিশাদা মৈরাইবা
লাইজ ঈশিংদা মৈশেম্বা
অচিকপা অহিংদ মৈহৌবা
মৈচাক কৌই মৈচাকসে ।
চেকক্লানা তুফাং পাইরগা
মৈচাক্লা মৈরি হৌরিবা
পোম্বীনা মখো পোংলগা
মেরানা মৈজাউ হৌরিবা
মচাক কৌই মৈচাকসে ।
অতোপ পৈ মিংনা উদনৈ
ইদোম চাকপা মৈনি
খাম্বানা কেদৌনী মতোন্দ
উবা ফংদ মৈচাক্লী ।
জগৎকী মবেম্মা রাধিকা
জমুনা নিংশিংবা মৈচাক্লী ।
লাংলেন থাদোই থোইবীনা
লোক্তাক মাংদা খনখিবা
মৈচাক কৌই মৈচাক্লসে ।

নাপনগী মশাক্ না ওরবা
য়াবা খোঞ্জেন খোইথুম্না
নুংশি নাহুদা য়েহনবা
মৈচাক কোক্ত বারিনী ।

মৈচাক্ত পীবা ওম্বদ্রো
মৈরী মুংপা ওম্বনী
থমোয় মশক খত্তবগী
হুংদা মৈরী মৈবনী ।

থমোয় কায়র বারীসে
নাঙ্গা নাকচি হাংহন্দা
নুংশি পাওজেম তোষ্টবগা
থম্মোয় পুকচেল হোংবনী ।

কনাগী থম্মোয়নো নুংশুম্বা
নুংশি হাইদা শেঙ্গবা
লৈরমগনি লিংদে তাইবঙদা
লাইভনা থাম্মী মুংপনী ।

# মাগীনি

অপোম্বা লৈরাং শাংকাইরে
লৈনা লিশিং লিশিংদগী
লৈরিক লৈরাং লৈয়োম্মা
মালং মশেক মওান্দ।

চোইনা চোইনা চাঙইরক্লে
মপু মদোম মালেমদা
মাগী মপোক মওাম্মা
মাইকৈ মাইকৈ মাংদ-খ্ৰা।

চিংউ নিংউ নদাইরেন
নাংদম নওগী নথোৌদাং
খুজেং খুংশা খুংশম্মা
হিনাউ হিরম পিয়াংনী।

হিগী হিরোই হিপুনী
হরাও হরাও হায়হোৌরে
হরাও হোৌনা হোৌরিঙৈ
লাংডোন লিশিং লাঙ্গোম্মী।

# শোনজবা

নয়োন ফিরুক খুম্বকান
খোঙ্গেনগী মশক কংদ্রেবা
ঐগী কনা লৈত্রবদা
শোনজবা অতুত্তদি ঙমহনবীয়ু।

পারী ইমোম নিংশিংদ্রকান
লৈমাইদা শাং শাংনা তারকান
নংগী নাক্ত পুরমদাই
শোঞ্জবা অতুতদি ঙমহনবীয়ু।

লমহাংদা মদোম চংপদা
পনথুংফম খংদ্রেইঙ্গে মত্তমদা
পীরাংনা খোংলোই ওইরিঙ্গে
ফনা লৈরী নীংলকপদা
শোনজবা অতুত্তদি ঙমহনবীয়ু।

## শকউদবা

হুংশিবা প্রেম্মা খোৌগল্লী বা
যুগ মরি পুম্বিবা
শক্তি ওনা পুরিবা
শকউদবা............... ॥

মালেমা হাংলবস্থ হাংদবা
মফম খুদিংদা লৈরিবা
য়াইনা মল চম্মা
শকউদবা ....... ... ।

লৈচিনবু খুকমগুম শিত্তিনবা
অয়ুক্কা পাউখোল চৎলিবা
অহাংবদা মচু শংভম্বা
শকউদবা . .... ..... ।

নগুম পোজেল পুভম্বা
অহিংবনা. মন্দির ওইরিবা
অতুনা কৈজ্রূপ -শুগভম্বা
শকউদবা ............. ।

আত্তরগী লৈরিক্কা নিংশিংবা
লাইক্ত ফুংগী লেমলৈনা শকথংবা
স্বর্গদা য়াম্বিপ ভাগ্নিব
শকন্ট্রদবা ...... ।

অয়ুক লৈচিন নাম্নবা
ইচেল খোঙ্গল অইংবা
পুম্নমকপু শান্নপোংকুম শিক্তিম্নগ্নিব
শকট্রদবা ...... ।

নত্তিক নয়াই থাঙমদে
অরৈবা থরনা কংচবা
সন্সিত্ত উমহনবীয়ু নহাক্না
হে ! ভগবান শকভ্রদবা ।

# কৈজেদকো মনিপুর

নংবাক্ত হৌখিবা পাম্বেশা
চেক্লানা ক্ষৈরাদা তোংজন্না
মাইকৈ ওন্না খোংলকপা
কৈজেদকো মনিপুর — ॥

মখল মাখল লৈরাংনা
লৈকোন খুদিং শাংলিবা
খোইমু শঙ্গুপ পাইরবা
কুংশি কুংশি ঙৈবে মাইকৈদা
কৈজেদকো মনিপুর — ॥

তাইবঙ মালেম লৈকোদা
মনিপুর ইমানা লৈবাদ
হরি সঙ্কির্তন কোয়েংবী
পুম্না ভৌরবা মুচাঙ্গুম
কৈজেদকো মনিপুর — ॥

তাইবঙ পুক্লিং চানহনবী
মাইথীগী খুংবী শেঙ্গোইজন
তাইবং পুক্লিং শুদ্ধীনি
ঐখোয়গী ইমা মনিপুর
কৈজেদকো মনিপুর — ॥

অঙবা লৌমলা হায়মিংই
নরা পাওজেল হৈকবনা
খোইজি থাদা লৈহৌবে
পুকচেল পুম্না ওইরেদো
ফজৈদকো মনিপুর— ॥

শাংলন শাংলবা চিংশাংমা
মরোল ময়োল থাক্কবা
লেচিংমা .কাউনিংবা লমদম
চীংশাংগী মরক্ত শক্তি শক্তাই
ফজৈদকো মনিপুর— ॥

লোক্তাকা মিংশেল ওই
চীংদোন হানবা পামেল্লা
লাইক্ত নুংদা হাইরকপা
চুড়ানি অশেংবা চুড়া
ফজৈদকো মনিপুর— ॥

# য়েং উনে

অরেম্বা নত্তে পুন্সিগী ঈপাক
লোকমুংগী ঈশিংনা তুরেল য়ীল্লকপা
সমুদ্র ইপাক য়োৎপদোবিবনি
ঐঙোইহৌরবনী খরস্থ ঈপাক য়োদনা।

লৌরু লৌরুবা কয়া য়োরকখে
অচৌবা কয়া ঈহৌবনি লমখাদ
হেম্মা নিংবনা হায়া য়োনা হৌনশানি
নীংদবা কনা য়োগনী

ভাগীরথি গঙ্গাদা চেন্নীবা ঈচেল
লণ্ডনগী টেমসকা চেন্নীবা ঈচেল
আমেরিকা USSR দা চেন্নীবা ঈচেল
ঈচেল অমত্তনি চপ মান্নে।

ঈচেল নাম্নবিবা, তুংশিং নাম্নবিব
নী মাংনে, খুং নশিং হেন্নদে
লোকই, চংলি, য়েংই, ভুক্ত
ঈবেবাক্ত লেপিবনী, মাবেবাক্ত লেপিবনী

অঙ্গানি "য়েংউনে" খেম্নদে অমত্তা
হোংলবা সোনবতা মঙাইরে।
ইরৈবাক্ত শেনবা তুরেলনা লেপত্রবা
ইরমদগী নুংশিংনা শিত্রবা
ওইবা য়াবোই খনগদবনী
অহু নত্তে, লেপ্তরা ইরৈপাক্কী তুরেল।

## লাইরেম্বীগী ফিজোল

কুমগী নোংহো লাক্লে
চাইবং মালেম ঈপাক্ত
অনৌবা আশাগা লোয়ননা
চরি নমখাং লাক্লগে।

খুলক্কী শাবী শাম্নৌনা
মখুত্তা পাম্বা পাইতুনা
লৌবুক মায়কৈ পালক্লে
ঈমাগী ফিজোন হোংনবা।

ইঙা ইচেলগী তাগৃতনা
অশংবা মচু শংখবে
নৌনা ফিজোল হোংলবী
ইনানা মোমোন নোকচবী।

# মনিপুর

থম্মোয়না ফাউগ্রবস্নু নংগী রাখলদা
নীংশিংলক্রবদা নংবু
পীবিয়্ নীংশিংবগী শক্তি
ওমহনবীয়্ নাংশিংবা অহুত্তা ॥

ত্তোনদে কনাগীম্ নরল
মাংদে রাখল অমত্তা
পামজ্রে তত্তনা নীংশিংবা
নঙগী মীংলেন
নঙগী রাখল ॥

নতম্বাক্ত নোক্লকপনী
নতম্বাক্ত হিগ্নকপনী
নতম্বাক্ত চাউরকপনী
" মনিপুর " ইমাগী মচান ॥

নোংমদি থাররগনি তাইবং মাপ্লেম
চংখিনী কনাস্নু য়াওদনা
মসি থোকত্রিদ্রিঙৈ মমাংদা
পামজে নংগী সিজ্ঝ শোঞ্জবা
"মনিপুর"

# ডাইরি মাংখরে

কদাইদনো নওনা লৈখিবা
ঐ বুধি মাংলে,
অাল পুম্নাং মাংলে.
নও অমুক্ত থোক্লকউবা !

হৌখিবা রা খংদরে
পুন্সিগী শাখি লৈতরে
অমম্বদা লৈবগুমগে
নও অমুক্ত থোক্লকউগবা !

পুন্সিগী অওম্বা চিংমাইদা
থাং য়াউদনা শিংজনবগুম
পুন্সি ইওক ওকখরে
নও অমুক্ত থোক্লকউগবা !

হৌখিবা লাকদনা পুম্বা
লোয়না হায়বা ওম্বা,
মরুপ কলম কংপহৌরে,
নও অমুক্ত থোক্লকউগবা !

# পুন্সি

থুংলরি পুন্সি অসিদা
মখল মখেল খুদোল
অফ ফত্ত কয়ানা
নোংমগী মন্নুং অসিদা।

লাক্লিবা ময়াম শত্তুদা
ফত্তবা থবক কয়ানা
থুজিং ওইহুনা শুরিবা
কৌই মহাকপু ফত্তবা।

ফত্তবা মখৈ থৈদোক্লগা
অফবা মখৈতা খন্দূনা
শুরিবা মী মহাক্তো
কৌই অফবা মী।

পোকপদগী চেন্নরক্লবা ফজেলা
লাইনা ককপা ঙম্মি
ওইবা ঙম্মি অফবা
ঐগী অফবা লমচংনা।

লমচৎ ব্যাবহার মতানা
ওইহল্লি অফবা ফত্তবা
মরম অসি লৈবনা
অফবা শঙ্গ তৌনরিবনী।

ক্ষিদ পকপা অমোংপা
অফবা ঈশিংনা চাদুগা
কোকপা ওন্নী অমোংপা
তরু তরুনা লৈতৌই।

ইমুং মন্নুংগী মমিস্থু
তাদবা নত্তে মচাদ
ফত্তবা ইমুংগী লোনচৎতি
মচা 'দৈ খঙবা ওন্বনী।

শুবা নোম্বা লেপক্কদে
অচুম্বা রাখল থাকদে
অফবা চিঙাক চাদুনা
বুধি লৌশিং তানগনী।

নোংমগী মন্নুং অসিদা
অসি চারগা কৈ
অসি চারগা ফত্তে
খন্দুনা চা-ন-নবা হোৎননি।

অকপা চীঙ্গাক চাবনা
মুধি লৌশিং খোল্লকই
অচুম্বা লাখল খনবনা
পুক্লিং হকচাং মুংডাইহল্লী।

হোংনব কনবা মানা
তোবা ওমদবা লৈতে
ওবা নোম্বা লেপ্তবনা
অকনবনু থাপনা খৈদে কখি

অংনবা মীগী মকমদা
অনিংবা লৈতে মখোয়দা
অ ংবা লৈতবা মখোয়দো
অ:রম্বা পুন্সি ওইগনী।

ফত্তবা কমচংকী হৈনবী
থাদোকশি ঐখোয় নখোয়
করি কাম্মনি ঐখোয়দা
কত্তবা মাগা তিন্নরুবগী।

উবিনা মাগী মনাক্ত
ছোবা পাম্বী কয়াদা
লাম লামছুনা য়েংপগুম
কত্তবা নাক্তি নবলুমু।

করিগু লৈত্তে খল্লগা
করিগু লৈতে তাইবংসে
তোইনা উবা ময়মা
লাইনা উবনী তাইবংসে।

অশিংবা মখোযগী মকমদা
মিকুপ অমত্তবুসু পাম্মইদো।
অপংবা মীগী মকমদা
করিসু খল্লুদে মত্তরক্নে।

ঙসিগা মান্নবা মতমদ
লাকখিনী হয়েংগু অমুক
তাং ২৪।৭।৮৯ ইংদি
লাক্লরোই অমুক মপোকশিমগী।

নংনা ঙসি উবিবা
নচাগী অর্বাংবগী দৃশ্যদো
ফংল্লরোই অমুক উবা
মতমগী ঈচেলদা তাইরবী।

নশামক অসিগু উররোই
নোংমদি শোইদনা মাংখিগী
তাইবং ঈপাক থাজনা
মাগী নাকু পুখিনী।

অমুবা শমাং ভৌখিনী
তিংলম্বা উনশা খুইখিনী
উ'না উ'না খংহৌরোই
ঈপাক য়াইদা লুপখিনী।

## নুংশি পাউজেল

মাংজরবা পুন্সিশে অমুওদি কনবিয়ু
উজনীংবা চেংলোদো উদবা কুইরে
কাউওমদবা থম্মোয়না নিংশিংহুনতা লৈরে
অরোইবা মিকুপনা লাক্ল ফাওবদ ॥

থাদোক্লগে খল্লবরা কনাগী ম্বাখলদা
থাদোকপগী অম্বাবা য়াওদ্রবা নংবু
কায়না মৈরিনা চাকহৌবি কাওরববা
নুংশিববু কাওওম্বা নিংশিংদবা ওম্বা ॥

নঙুং লাংগী ম্বাঝন্না লোয়ম্ববা
কঙ্গদা কনাগু ভাবিদ্রবা থম্মোয়নী
নং নত্তনা কনাদা হায়রুনী
ঐগীদি নংনি নংগীদি ঐনী ॥

# থোক্লক্লো রাখল

কদাইদনো নংবা ফমতুনা লৈরিবা
হে ! মুংশিরবা বুধি লৌশিং
নং ফমতুনা লৈরগনু আসন্দা
"থোক্লক্লো হে" মুংশিরবা রাখল

হোংনবগী পাম্বৈনা ফংই তারে
হোংনবনা ভমদবা লৈতে হায়রে
অশিংবগী মালেম্না হায়বা তারে
থোক্লক্লো হে মুংশিরবা রাখল ॥

অকবা চিঙ্গাক শীতুনা নংবু
কৌবা য়াগদরা হে রাখল
নংগী লৈফম্না কদাইদনো হকচাংদা
থোক্লক্লো হে মুংশিরবা রাখল ॥

লাইনা-দি নংগী য়েক্লবরা হায়বু
মা লৈরবদি নং লাক্লোইদরা
ভাম্বোকগ্রগে আদা মাবু থাপনা
থোক্লক্লো হে মুংশিরবা রাখল ॥

তাং ২৬ । ৪ । ৮৭ ইং

# ফাইরেল পঞ্চমী

অরিবা মনা কেনবা লোয়দরি
অনৌবা য়েন্নিং হুনবস্থ হৌরক্লে
নামিবা নুংশিংনা মপাউ পীরক্লে
হৈপাল লৈপাল শিনবা থুংনা।

লমদাগী পুর্নিমা য়ৌরক্লগনী খল্লুবদা
শাবী শানৌ খিবিক্লা হরাওবগুম
ফাইরেলগী পঞ্চমী য়ৌরক্লনী খল্লুবদা
অনৌবা পামেন্দগী অরিবা ফাওবা নোকখরে

মরোন্দী থোকচদা হায়দি হায়নিং
মালয়ানা খংখরে পামেলগী পুক্লিংদো
শানৌগী মপাও পাখংনা খংবগুম
ফাইরেনল পঞ্চমী য়ৌরক্লে পামেল-ও।

তাং ৫।২।৮৯ ইং

# নিংঙম্মদবা

তাইবঙ মালেম লৈময়োন
লমদম লমলেন লমন্নুংশি
অথোয় থরাই উৎনফম
থংদ্রে থংলো নীংঙমদবা।

অপাম্বনা মরাং হৌ
প্লুরিং চাংচং পুঙমদা
রাখল মচেৎ মচেৎনা
প্লুন্সি শাবা য়াবোইদা।

অনিং রাখল মাংদ চিং
থমোই মীৎনা অনিংয়েং
ফংদ্রি ফাওবা ভানবদো
নিপা থৌদাং কৌবনী।

কোরৌ মতৌ লৌহুনা
মিকুপ পুংজা মাংহন্দা
তাইবঙ লমবেল চৎপদি
মিংচৎ নাক্ত লাকখিদো।

অপাম্বনা খুত্নম চন
নখুৎ নাক্তি হাইদোক্ক
নখোং মফম লেংদনা
কনানা পুরকনী নংগী।

তাইবং পুম্বি ঈপাক্তা
মালেমদা অরেম্বা তাখিবা
কনাগী অমাংবা ওইগর্নী
খংদ্রে খংলো নিংঙাইদবা।

অহৈ অশিং রাহৈনা
চৈবাং থক্তা লৈরিবা
কনাবু ঙাইর্বি খংবরা
মিংচৎ নীংবা মাগীনি।

অরাইবা কয়া ওইহুনসু
তৌবু তৌদ্রবদি মরুরে
অনিংবা কয়া লৈহুনসু
তৌবু তৌদ্রবদি মপাংদে।

মপু মাগী লনগৈদা
নংগী ঐগী শরুক্তো
তোঙাল তোঙাল থম্মীবা
খিহৌরো হুংহৌরো মাঙোন্দা।

উত্রে হায়বগী দমক্লা
মপু শাবু কাউথোকপা
চুমত্রবা লায়বা ৱাখলনী
থংত্রে থংলো নীংতাইদবা।

তাং ১১ । ৩ । ৮৯ ইং

## নীঙোল

মাংগ্রবা দেহে সত্যবালগী
অমুক হন্না হিংহনখিবা
শনিনা দৃষ্টী তৌরবদা
মপুরোইবা নিংবা লেপখিদবী।

মহাভারতকী লানফমদ তুংইনবী
মচিন মনাও মগাগী খোংলোই
ত্রেতা যুক্ত মৈ ইকপী
নাপ্নগী নাচোম খুইনবী।

দ্বাপুর যুকা চুড়ানা
মাইথোং খুম্বা ওমদবী
জগৎ মাতা দুর্গে
লক্ষ্মী কামধেনু শরস্বতি।

নিঙোল্ল মপোক মক্তুনি
জগৎতা মাতা কাখিবা
খুমন লুবাং মঙাং
গুনা পুবী মক্তুনী ।

কলি যুকী নীঙোল
যুগ মরি তারবীনী
সত্যনা থোংজিন্দা ঙাইরিবী
সত্তি থোক্নুল লিহৌমো । ।

# অশোংবা লম্বি

তাং ১১ | ৯ | ৮৯ ইং

শোংশন্নু লম্বী অদু
চৎনদ্রশন্নু কনাস্তু
চৎনিংলবদি চৎলু
কোক্লক্কনী নোংমা
তোইনা চৎলগা
চৎপা লেপত্রগা — ।

নহাক্না থিরিবহু
অশোংবদা লৈবনী
কিংগমু নারক্নী
ঙরক্কনী নোংমা
নঙোন্দদা অকোকপা
ঙহৈরক্কনী হৈমবা — ॥

হৈনদবগী শোংবনী
চংলুদবগী কিবনী
অমুক্তং চংলুরবদি
চংপবু লেপত্রবদি
চংনিংগনী হুতিগী
অশোংবনী কাউখিনী — ॥

খঙদবা মীদদা
অশোংবা ওইবনী
শোংল শোংলগা
মী কনা চংদবদা
লৈবনী থিরিবহু
চংল — চংলগা
উরকনী মঙাল — ।

# মীতৈ নিঙোল

নীংথিজৈ ফজৈ লৈকোলশে
ফংদবা অমত্ত লৈতবে
উরিদা পামেন্দ শাংলি
অশাংপগা অপোম্বগা থনখরে

মশক থিজৈ খোইমুদো
কুচু মুজৈ মশাগী
লৈরাংগা খোইমুগা নুংশিনৈ
অমদা অমনা কায়নদ্রবদা ॥

নুংশিবনা নোকপগী ফজবা
নোক্লিবরা হায়বস্থু ঙমলোই
নোক্কে হায়রবস্থু ঙমলোই
অসিরা অতপ্পগী ফজবা ॥

মীতৈগী চংনবী ফীজেংনা
মশা পুম্বা থোল্লবা
গোপী চন্দম্না লাইবক্তা
ফজৈদা মীতৈ নিংঙোল ।

চান্নবী ইচনগী নাগ্গদা
চান্নবী সনামা ঙানৰদো
খোংথাং খুদিং হাইবদো
কদাই তান্না চংকদোরিৰমো ?

অমরোমদা অমুক য়েংশি
মথেল লুকোই থোংবদা
চরা থুমথাক তম্বদা
খুংচোই অমুক হন্দবী ॥

করম্বা গুরুদা খন্দুনা
হে মীতৈ নিঙোল
চরা তম্না পুখমদা
মচি মচিদা শেমহনা
মশিং শুনা হাপথিৰা ॥

তম্বা নবুং ওইরস্সু
নৌপরা নরা ওইরস্সু
মানজ নথংলেন ওইরস্সু
নিঙোল নংবু কাউভম্লোই ॥

নীঙোল থমোয় তাঙবা
অপাম লমদম থুংগ্রবী
নব্বা খুংতা পাইহুবা
হিয়াঙ্গ থাগী নিলিপাল
মপাম লমদম কুমকপা
করিগা প্রমান ভৌগনী ॥

মৈগী শিংদা চল্লবী
মপাম য়াথং কায়দবী
মৌপবা মবুং পুথংপী
কাইদ কাইদ লেংলকপা
মুরে মুনা ঙান
ঙেৎরে ঙৌনা ঙান ॥

নীঙোল থমোয় শেংলবী
অচুম্ব বাখল মীতাফোং
থমোয় সুংদা ম্বানজ লাং
অউবনা ইচে হাই
অয়েংবনা ইনম্মা হাই
মিংথোন শুনা ফংবিনা ।

মোমোন মোমোন মীনোক্না
য়েক্লবা মতু পোলহনবী
পলেম শ্বগ´ কানলৈ
পম্ভৌ মোদোন ঙাম্নলৈ
নৌপম্বা লম্বী চাউনাফাং
মীতৈ নীঙোলনী নহাকসে।

চরৈ ফিদি কাংন ইন
ফনেক খুমিং থুম্নশেং
খুদোং থক্ত লৈরোংথেন
উমং লাইগী লাইমাংদা
চাংভৌ পুম্না চেঙ্কদি
মালেম লৈদা হৌগুম্মী।

মানজ সেবা তৌবদা
মথক্লেন ইংখোল মতাফা
পুক্লিং হকচাং লৈতানা
এঞ্জাং মপোং থিবদী
নামিবা থৈনা চংখিদা...।

তারমদাই মুমিংকী মশেক্লা
নীঙোল খজাইদা য়ৈবদা
কৈরা থক্লা তোংলিবা
পোম্বা চেক্লা অনিনা
পামেল তালানা খনগ্রবোই
টৈখোং লৈখোং থিরক্লে।

শজিনা হানৌ কাউখরে
নীঙোল মতৌ উবদা
পাখং খোংথাং লেপখরে
শমু খুংনা কোক্ত নান
চেংলৌ শাবান শেম্নলেপ
তায়েকপা মুতিহুম তৌখরে।

অচিকপা অহিংগী মবেম্মা
মুংশি খাওদি অথনবী
পাখং খোইদি ফান-লৈ
মুংশি লমদম লময়ালবী
খোইরি নাউফম পুনগ্রবোই।

তাং ৫ । ১ । ৮৯ ইং

# মৃত্যু

অস্থম অসুম তেনশিল্লক্রে
তেল্লবা পুন্সিগী ময়ুং
তাইবং ইবাং ইপাক্তা
ইব্রাংগী কৈথেল কারিংঙ ॥

তুম্বা হিপ্পা চাবদা
কোইন ইম্মরি মৃত্যুনা
হল্লা য়েংউদে কনাস্থ
উবা ফংদে মাবু ॥

শোরোক য়াংবী থক্তা
তাউবা কুইবু চিংবগুম
মৃতু কোবা মহাকনা
চিংহুনা পুখিনী নোংমদি ॥

নখোংদ নখুত্ত নখ্বাংদ
পুলশিল্লয়ে লাইনা খোবিনা
হিক্তোকপা লাক্সরিংঙে মরক্ত
মোংফম ময়াদা লেপ্লমলে ॥

# নঙলা ইমা

কদাইদনো তত্তনা খোঞ্জেল অমা
তত্তুনা লাউরিবা ।

লুংশিদা খোঞ্জেলশে ইংনা
অইংবা শুরনা থল্লবা
কপ্লিবোত্তি নিংই তাবদা
কপল্লবা মক্কী খোঞ্জেলনী ।

অহিংগী চেক্লা তাম্না
তারমাল্লে খোঞ্জেলশে
খুম্লকখি তা....ম . . তা....ম
লুংশিবা খোঞ্জেলগী লুংশিবা পাউখুম
লুংশিদা খোঞ্জেলশে ইংনা ।

থংমোত্তি কনন্দা মকুর
লুংগী চেক্লা কৌনরিবনী,
অত্তবু তুমিন্না লৈবা ওমন্রমাল্লে
খুম্লকখি মকুস্থু কু..কু..কু.... ।

খুমশিরা ঐস্নু তারবনিনা ?
অকিবগী শুরদা
অরাবগী খোঞ্জেলদা
কনবীয়্‌ হায়বগী মওংদা
তন্তুনা লাউরিবা কনাগী খোঞ্জেলনো ?
নঙ্গেং খোম্মাং লাম্লবা অঙাংগী খোঞ্জেল !
মীকপ মীরাওনি, অরাবগী
মথংলেন মাঙ্গ কাইনবগী
খোঞ্জেলস্নু নঙ্গে . . ...... ...
কুংশিদা খোঞ্জেন ইংনা ।

চা-নবা শুর য়াওরত্তুবদা
খল্লকখি পুক্লিংনা............
" নংলা ইমা " "ঐখোয়গী ইয়েক"
ওইরমগনী, ওইগল্লী মীওইবগী নীংবশে ।

তাং ২৬ / ১২ / ৮৮ ইং

# নিংথিরবী মালিকা

লৈনা মথোন মথোয়া
ভোর ভোরবা লৈশানা
মুংশিরবী লৈনম্মা
লৈরাং নংবু শেম্লকই।

পম্লো শুমাংদি মথৌপুং
থেলোংনবী তম্পাক্তা
লৈরাং নংনা শাংপদি
নিংথোল লমচং তাকপরা!

য়াহৌ চনবী লৈনুংশি
কোরৌগী মঙাল কিদবী
ঘৌনা কৈদা ইবেম্মা,
নতারোই হিপ্পী হৌদোক্লো।

করিদি কাম্মরি ইবেম্মা।
লৈকা কল্লবী মালিকা
তাইবং মীওই শুমাংদা
লৈবাং নংনা শাংপদি?

লৈরাং ঐগী ইথোনি
মীগা মংনবা পামজদে
মুংশিনা লৈনম য়েল্লম্মগা
মপুগী নাক্তা হনথিগে।

তাং ২৮।৪।৮৯ ইং

# চিংবীয়ু

পঙলৰা মীওইবগী মপোক্তি
তাইৰং শেম্বা ইবুংঙো
খুজেং পাল্লোইনহনা চিংবিয়ু
নঙগী খুংশেমগী লৈকোন্দা ।

করিনো তাইশঙগী কান্নবা
নংগী চরন ফংদ্রবদা
ওইহনবীয়ু ঐবু নহাক্কা
মেংলৰা থোজাম্মা চামথোকপীদুনা ।

পামজদে করিস্থ অতৈ
নহাক নত্তনা ইবুংঙো
শোল্ল শোল্ল তোক্লগদ্রা
নিংবা কাইনা পুন্সিসে ।

লৈ হায়বা খংদরিঙৈ
নহাক্লা তাইবঙদা লোৎতুনা
নীংদৰা য়ারম্বনি নহাকপু
য়াদ্রে হৌজিক্তি খংলবনিনা ।

নিংঙ্কবনা লোমহনবীগনু পুন্সিসে
কংহনবীয়ু নহাক্কী মুত্তৌ
ভুঙ্কবা ষ্টমিংশিনা পেঙ্গনা
কংলিবা হন্দকী মপোকশিদা

নহাক্কা লোয়রবনী তাইবংগীদি
খনখরে থমোয়দা অরেম্মা
পামজরবা থমোয়দা কোক্ পীবনু
চিংবিয়ু চিংবীহৈবা চীংঙ্গনা ।

তাং ১৬ । ৯ । ৮৯ ইং

## লৈরাং উরবদা

লৈবা নংবু লৈপুংশি
লৈকা ক্রম্মা শাংলিবী
কনা য়েংলিবানো লৈবাং—ঙ
চিক্ক কনা উদনা ।

নংগীসু অনিংবা লৈরমগানিকো
তাইবংগী লৈশা মরক্তা
থোনা ফৈদা লৈরাং—ও
ডাংহৈদবী নকুপলোই ।

নৈরাংনা ফুগাইনা শাংপদা
নামিবা; খোইমু অনিনা
নৈরাংবু মরুপনি হায়খরে
য়েক্লবা মায়থোং উহন্দা।

খঙলে নৈরাং, উরে
তাইবঙদা নৈকা ফম্লিঙে
য়েক্লবা মশক উদবোই
নৈমন্ন চনবা ঙাইবোইরে।

মরুপ নৈতে কনাগীস্নু
নৈরাংনা নৈমন চল্লবদা
নৈনম্না লোয়রবদা নৈরাংগী
ওইরকই পুক্লমক য়েক্লবা।

তাং ২৫ । ৮ । ৮১ ইং

# মতম

মতম মাংহনবগী ওঝাশিং
নিশাগী লুকান ফম্বশিং
ছাত্র য়াম্না থৱীরবু
শারোকশে চংক্রম লৈফরে।

নোং হেক্ক ডানবগা
শিক্লি'দে প্রাসত্তা হৈবা
মুমিং হেক তাবগা
স্বারগী কৌতা মনাক্তা।

থ্রানকী মশিং থিরিঙৈ
জয়ুক্তা মুংথিল ওনথরে
নীশাগী শগোল তোংলিঙৈ
মুংথিলনা মুমিদাং ওনথরে।

নিশানা নৈহংলবা হকচাংদো
লুকমাই ময়াদা তুররে
অরেম্বা মতম থরদো
বারোগী বক্তার কাদরি।